# সমাজগী ৱাংমদা



অইবা
কোইজম ধীরেন

অফোংবা - অইবা

অহানবা খুৎনম— ৭০০

পুথোকপা— ১৯৮৫

ফংফম—ইমালগী লাইরিক য়োনবা হুক মফিং।

লিলা অসি শাম্নবিগে হায়ববদি অইবগা উন্নবিয়ু।

---

ছাপা নক্কম — খোংনাংথাপা প্রেস, খুরাই লমলোং কেথেল।

# শক্তমদা

উনকপগী মথং মনাওদা

মদন — ভিজিলেন্স ওফিসার
রাজেন — মদনগী মচানুপা অহন
মোহন — ,, ,, অতোনবা
নবেন — এম, বি, বি, এস
সোমী — বিপ্লবী, মীবোং
একন — সহানিগা কোয়নবা মুগা।

অহনবী — মদনগী মুপী
সহানি — অহনবীগী মচানুপী
চান্দনী — সহানিগী নিমরী।

[ 1974 গী Publicity Department না শিননবা **Drama Festival** দা **P. G Drama Club** (D M College) না [illegible] হায়বা মতিংদা শরুক যাথবা লিলানি। ]

# সম্মাজনী রাংমদা

## অহ নবা তাং

মণিপুরী যুন: Drawing room নি। কা অতুদ নিং থৌজনা টেবল অমা সোফা ১/২ টেবল মথক্ত টেলিফোন, নাকল ওই-রগা দলান কাথংখিনবী সিংবি লৈ বা।
শিল হায়দোকপদা অহনবী অমসুং সোমী দলালগী সিবি মথক্তগী কুমথরকই, অমনা সিং রি মথক্ত অমনা লৈমাইদা থৈহাক যেংলগা লৈনৈ। তইনবীনা মাগী ইল্লিবা হাওফি অতু সামীদা পি। মথোয় অনি থৈহাক যেংনৈ। মমিত্তা ইবা চনৈ। অহনবীনা নিঙমদনা মুম্না যেংলম্লগা মমাই হংলে লৈথোক্লগা দলাল কাথি। সোমীনা থৌং হাংদে ক-খিবগী মখোল অমা তাবদা পাখতুনা চৈনথিবা নোংহেন্না শৈংে ইবা বয় অমা পাইদুনা থোকরক্লগা কোংথৈং যৈথবা নিংথিং মাংজন।

মেঙৈন : হৌজিক্কীডুধু — হুম নত্তমাল্লে, ঐগী থাখল ওইবমাল্লে।
[টেবল মথক্ত লৈরিবা অযেকপা লাই থেংননবা থোরাং তৌরি। চৌক্রিদুধু ফজল্লই মযাদা পুশিন্দুনা থেংকম খিবা]

মদন : (যাল্লী সুক্তাইতনা থোকপা)
অস : ঐনা ইতৌগদসি কদিমোং পাউনিংথৈল্লা শিংজা

অমগী মথক্ত চিংনবা অমা, অৱাবনি মুপী ওইবগী পুন্সি।

[মুক্তাইতনা লুকথখিবা]

বাজেন: [কিনা চংলকপা]

অহনবী: (শাওনা) তাৱিবা পাউসি অচুম্বা?

ৱাজেন: কৱি পাউ?

অহনবী: নপানা হায়ৱিবসে অচুম্বা?

বাজেন: অতুৱ কৱিনোবা হাযবন্নীবতুদো?

অহনবী: (?ঙহ.কু খনবা চিংনা) মতু এৗনা য়ানিংদবা থবক্তিকো নঙ মতুংদ অতুগুম্বা পাউ অমুক তাবগদি যুম ন্সদ লৈহল্লোইদবনি।

বাজেন: অতুবো, কৱি পাউনো?

অহনবী: নঙ বিপ্রবী যাওৱে হাযবিবসি অচুম্বা?

বাজেন: (চিংননা) কৱি হাযবা? এৗবু বিপ্রবী যাংৱে হায়ৱিবা? কনানা হাযবিবা?

অহনবী: নঙগী পাবুংনা

বাজেন: হাযজিল্লিবা ওইবিনি।

অহনবী: হায়জিনবা নত্তে অচুম্বনিনে।

বাজেন: এৗনা হন্দক পৱিক্ষা ফেল ওইবর্সিদা হায়জিনবা যাবনি হায়তুনা হাযজিল্লিবা ওইবিনি।

অহনবী: তুমিন লৈযু ঙানিংদে। পৱিক্ষা ফেল ওইবগীমু ইকাইবা খঙদবা। কলেজ কাম্বকউৈদগী নঙবু ক্লাস অমদা চহি অনি অল্লি পৎপাসিবু।

রাজেন: হেন্না অতুই বাহু তুমিন লৈযু কান্নদেদা।

অহনবী: নত্তে, নঙবু ছুজিক কমদৌগেগে?

রাজেন: (শাওনা) কমদৌসেগে সার্টিফিকেট লৈসি হায়রিব্রাও?

অহনবী: তোক্লো তোক্লো নপুন্সিগী হৈরবোই। লাইবিক্তি পাদে, খর তৌরা ঐখোযদি লৈবাক শেমগদৌরিবনি, সরকাব পাইগদৌরিনী। বিপ্লবী তৌনি। অনৌবা থুনাই অমা শেমনি। অতুনবু দি কদাইদগী লাইবিক হৈনি।

রাজেন: মশানা তাবনি। ছুজিক মতমগীদ লাইবিক হৈববু করি কান্নরিবগে? অতুনসু তম্লিংব্রবনি।

অহনবী: কবিগী কান্নব্রিবা?

রাজেন: বি এ, পাস তৌনি। বি, এ, ওইনি। সরকারগী মী-নাই ওইবসু যংলোই। লেরোক বাবু ওইতুনা লৈনি। কান্নদে কান্নদে সমাজ পেন্দে। ঐ তল্লি। সমাজসি তল্লি। ছুজিক্কী সবকাবগী পোল্লিসি শুকপাম পামদে। কুইদ্রব-নি ইমা ঐখোয় জাতিসিনা মীনাই ওইরকদবা।

অহনবী: (খোঙ্গেল নমহত্তুনা) রাজেন

রাজেন: ঐনা হাযরিবসিসু পাজবিস্থ, অচৌবমা মচাবু লৈহৎপা তুকচৈ। ঐ তুকচৈ। ঐ মী হাৎনিংঙই কইকো।

অহনবী: (নমথবা) রাজেন। কান্নদবদা নঙনা মীচম খরগা তিন্নহুনা ওইবোইদবদা নশিংবা কুদোক্নুনা চোংলিবহু কান্নদে। বান্নদে নখোযনা সরকারবু শিংনবা ঙক্লাঙ?

বাজেন : সরকারবু শিংনবা। নোংমা খঙলোইত্রদো।
(ইমুং চংথিবা)

অহনবী : রাজেন। ও। মাগী অশাওবসি উরগা মতম কুইনা নিংশিংলুত্রবা রাখল অমা ঐগী খন্মোইদা নিংশিংলক্লি। নত্তে। মাবু হুজিক শিবা-চংবা মফম খংলম্লরোই। অশোংবা নাপী-সিংবী মরক্তা, চাযম-থকফম, তুম্ফম-চাফম খঙদবা মথৈ। নত্তে, নত্তে ঐ খল্লরোই (মপি তৈথোকপা) মোহেন মোহেন? তারিত্রা নঙবু?

মোহেন : [কবিতা ইবা বয় অমা পাইদুনা থোবকই] তারে খঙঙে। অদুবু ঐ চরাংনবসি পামদে, অচিকপা পামই।

অহনবী : সে ইমা বা হায়গে মুম্না তাও।

মোহেন : তারি হায়বিরকউ।

অহনবী : ইমা থবক অমা চংলুখিগে। নহাক লৈরম্মু। চথোক্লম্মু।

মোহেন : খঙদে, ঐস্মু চংনিংলক্লবদি চথোকখিগদবনি।

অহনবী : অদুগনে, নখোয় তাচৌসে চথোকখিবা মাদে হায়রম্মু।

মোহেন : ঐ য়ুম শঙঙু হায়রবদি শংজগে, অদুগা তাচৌ তায়নবদি ঙমজরোই।

অহনবী : ফবে, যরে। য়ুম শঙলম্মু, চথোক্লম্মুকো।

মোহেন : ( কবিতা পাবা হৌরকই )
পেন্দে ঐহাক পেন্দে
য়েকখি ঐনা মাগী মুংশিরবা শঙ্কমদো।

খনবি ঐনা মগীদমক্ত অহিং কয়া তুমদনা
অচিকপদা কমহুনা মেরা থাগী থানিন্দা
অত্তাওবনি হায়বীখি, মুংশিবনা ভাওরবা
অত্থুবু ঙসিদি মহাক—।

ৰাজেন: (মযোম অমা পাইহুনা থোবকপা) মোহেন। মোহেন।

মোহেন: (ত.দবা) উন্নদবা মিৎকুপ অমদা
ঐনা ইতোম্মতা শোপ্তখি। ও। মুংশিবা মুংশিহৈতেদকো।

ৰাজেন: ঐনা হায়রিবসে নত্তোন্দনিনে।

মোহেন: কবি হাযগে তাচৌ।

ৰাজেন: বৈদৌরিবনো নওনা তৌরিবদো, চোয়রোল লোল্লিবা হাবহুরা? কান্নদে— মহু থাদোকউকো।

মোহেন: ঐদি চোযরোল লোনখিদেনা।

ৰাজেন: হুজিক নঙনা ভাংগ্রিবহু কবিনো?

মোহেন: ঐনা ইজদবা কবিতা অমা অস্তম পাজরবনি।

ৰাজেন: কবিতা, কবিতা, লৈরাংগী খোইমু। আঃ নত্তংলাংগীদমক। কান্নদে, মহু কান্নদেকো।

মোহেন: কৈদৌরগে তাচৌ?

ৰাজেন: নত্তে, ঐনা হায়বদি নওগী কবিতাহুন। সমাজদা করি কান্নহল্লি, মুত্তাইবা পিত্রা, হরাওহনব্রা? নোকহনব্রা? করি কান্নহল্লি?

মোহেন: ঐনবুদি সমাজগী করি কান্নহনবা ঙমগনি?

মীদা চাক চান্না অমত্তস্থ পিবা ভমদে। পৈশা লৈতবা মীদা পৈশা অমত্তস্থ পিবা ভমদে। মীবু অৱাবদগী কনবস্থ ভমদে। অতু ওইববদি নঙগী ক.বিতাগী কান্নবা করিনো? হা কান্নবা কনিনো হাযবা!

মোহেন: হোয, মতু ফাওবদি য়ানিংই। অতুবু।

রাজেন: অতুবু কৈদৌ.রিবা

মোহেন: সমাজনা ঐভোদা করিস্থ তৌবীদে। অতুনা ঐনস্থ সমাজগী বৈশু তৌনিংদে।

রাজেন: মতু যাদেনে, ঐখোয়না হিংলিবসি সমাজগীনি।

মোহেন: কবয়া?

রাজেন: •নঙ ভাব তাদ্রেনে। যেংউ। মীযামসিনা পুন্না চাওখৎলকুবতদা ঐখোযগী সমাজগী চাওখৎপা হায়বুদু ওইদৌবিবনি। নতে:মতা হিংনবা খনগন্নু। মরমদি ঐখোয মীওই বনি। খঙভেদ-া। কবিতা ইকন্নু ভাওনবনি, খম্মোই নোথনিনবনি। চুজিন্না খম্মোইসে নুংগুয়া কল্লগদবনি। হিংচা যাইতম্নগদবনি। মরমদি ঐখোয় মীতৈ ইম সে কপ্পবনিনে কপ্পবা (নুভাইতনা) মীমান্নবা ভমজদ্রবী মীতৈ ইমাগী অশেংবা মচা ওইহনগদবনি।

মোহেন: করি হায়বা হিংচা যাইতমগদব.নি, খম্মোই কলহনগদবনি।

রাজেন: যাস্নি, অচুম্বনি। ন.খ.মস্থ ঐনা কে.রিবা খবকসিদা তুং

ইল্লক্দবনি খঙডেদনা। ইমাদি কদাইদা চৎগ্রে।

মো'হেন : হুজিক্তা লৈবম্ন.নি। থবক অমা চৎলুখিনি হায়রম্মী।

রাজেন : নঙগী নরমাই শেলগ্যা লৈজরা।

বাজেন : কদাইদগীনোদা

রজেন : ও। লৈতে হাযবা। ফরে-ফরে। [চৎপা হৌবা]

মোহেন : তাচৌ ইমাবা লৈবমখো হায়বনি।

রাজেন : য়াম্না থুনা হল্লক্লনি হাযযু। অদু নঙ ইমা লাক্তি্রফাও য়ুম শংঙম্মু। [থোকখিবা]

মোহেন : [মতোমতা] করি হাযবা? ঐখোযগী সমাজসিদ চবা হেনবগী খোল্লাও, শেঙ্গাও পাইবশিংগী হুরানবা মিৎযেং, মখৌ মশক খঙদ্রবা করপসন্দা হৈনরবা অফিসাবগী লমচৎ, মদ্গী মথক্ত তৌশিন্নবা নেতা ময়াম্না কৈগু খঙ-জদ্রবা প্রজা মীয়াম্বু ফদি থাদ্না গুম্নিবা। অসিগুম্বা ময়াম অসিদগী কন্নবা তাচৌনা থম্মোই কলহল্ল, হিংচা যাইতমগাদবনি। নত্তে, কান্নদে সমাজগী ঐনা খল্ল ঙম্ব-পোৎ নত্তে। সমাজস্মু সমাজগী থোক্পা, ঐস্নু ঐনা থোক্পা। (mood শাগৎলগা)

নিংশিংলবখি ঐগী থম্মোইদা

মতম কুইনা কাওপ্রবা, ঐগী নুংশিবা অমংক

ঙসিদা নৌহৌননা 'মুক বসন্ত থা চংলকপসিদা।

অহনবী : হায় মোহেন [ফিংবা চংলকপা] নখোয় তাচৌদ্

লৈরিব্রা ? নঙবুনিনে ঐনা হায়রিবসে।

মোহেন: কৈদোরগে ইমা

অহনবী: করিনো নঙনা লামযাইদ্দ, মাইবী লাইফাও থিবদোনা লাওরিবদ্বো মীনা হংবদি তাদে নখোয তাচৌদ্ লৈরিব্রা ? চংগ্রব্রাও।

মোহেন: হুজিক্ত লৈবস্মনি। অদ্ যাম্না থুনা হল্লক্নি হায়রম্মী।

অহনবী: (নুংভাইতনা) মসিগী অভাংসি চুম্লেদনা। ওস্তোকপা মবিংজেম্নি ওস্তোকপা মথৌনানি

মোহেন: হুজিক্তী ঐ অমুক চংগ্রগে। (থোকখিবা)

অহনবী: হায়, থেংন মম্না হল্লকনুকো, যুমদা লৈহৌবা ঙমদে।

সহানি: (অনৌবা মতমগী Fashion দা চংলকই)

অহনবী: (মুম্না ঙক্না য়েংদ্না) সহানি, করিনো নঙনা তৌবিব-সিদি।

সহানি: (দলাল মথক্ত চেনখৎলগা লেপ্লি) কৈদোবগে।

অহনবী: নঙগী ফিজেৎ চাকচাদ্বু কদাইদগী তৌরক্লিবনো ? হা ঐনা অদ্ম তৌনু পামজদে হাযদ্রো ? নামান্নবীশিংনা যেংনবিনিনা ইকাইখঙদবীসিদি, কবি থোকএ হাযদ্না তৌজশারিবনো ?

সহানি: ও। সিগী ওইরে। সিদিনে ইমা, মতমগী চংনবীনে।

অহনবী. মতমগী চংনবীনেগানা। অফাওবীসিদ, হুজিকী ভঙাংসিনা মমাবু হনবা মচা চাক্ত ওইনা তৌবদনা।

লাইম মুংশিরোইদৌবি. লাইম পামজখিদ্রে।

সহানি: হো হোংলক্লিবা সমাজগী চংনবীনে। অনৌবা সহর কয়াগী হরাওকুম্মে তৌফম, মী কুংবা জাগাদা অমুক্ত যেংবিয়ুনে । মতন মতমগী চংনবীবু ইমানা থিংবা ঙমগদ্রাও ।

অহনবী: থিংবা ঙমদে হাযত্নস্থ নঙবু নতুং ইনবিয়োব্রাও

সহানি: ইন্দ্রদি কমদৌনি। মযাম্মা চংনরক্লবদি ইনবা তাবেদনা

অহনবী: ঙাংবা হৈবে ইচাদি

সহানি: মশানা তাবা

অহনবী: চংলো চংলো তানিংদ্রে। নশক্ক, হুমুক খাবে। চংলোনে নফি-নবোল অত্থ হোংদোক্লুচো, 'হুম্না' শেং চাবা হৌনব্রাও।

সহানি: অসি শেংলে হাযত্নুনা কৈদৌই হাযবিবনে খংদেনে। ঐখোয় ইমা অসিনা ভঙ্গুক্রে। [ঙইননা চংখিবা]

অহনবী: নঙকো। নঙ হায়বিগেকো, ব্রায়োং চাদবীসিদি, নঙ মতুংদা অত্থুম হাযনা অমুক তৌরবদি ঐবু ফত্তে হায়্রগনুকো। —ফোন লাকপগী মখোল—[ফোন পাইখৎলগা] কনানো ... .. ... .... । মানি .... . .... । নহাকপু কনানো ...... ........... । সহানি উনগে হায়বা.. ... ..... । ঊৈহাক্ত ঙ্হইখো ........ [টেবলদা ফোন থম্বা] সহানি.. । সহানি নঙগী ফোল লাকইহে। (সহানি কুকথরকই)

কনাংনো নমান্নবনি হায়বিরা কবিনে'? ... নঙ উম্ননি হায়বিসে।

সগানি : [কেন পাইখৎলহুনা] ও ডাক্তর বাবু ওইবে। ......
কৈদৌঙ লেংথোকপিবক্কে? লাকও, কৈদৌঙৈ লাকও।
... ... যরেনে, অঙুদি থম্নগে। [কোন থমই]

অহনবী : নঙগা লাইরিক তম্মিনবা নমান্দসে যামগ্রবোইযে।
ফোন অসিদা নুংতিগী হংলক্লিবা অসি লোযনমক হেক
নঙগা হেক লাইরিক তম্মীনব্রা হা... ... ?

সহানি : কনিনো কলেজ ছাত্রদি মশিং যামগ্রপোংনি। এনা
খংনম্লিবসি থবদনি। লাইরিক তম্মীন্নবমদগী ডাক্তর তম-
খিবনা কযা, লো তংখিবনা কযা

অহনবী : নঙ হকমল্লি, সঙ্গ যমল্লি। ইমাখোয কিজৈ নঙগী নতৌসে

সহানি : খিং ঙাংবিরকপু তাজনিংদ্রে। সঙ্গ তৌবগীসু মঙাংই,
অমা তৌবগীসু মঙাংদি। কৈনো, খুম্নংগী লৈশাবীদোনা
তুমিন্না কুন্দুনা লৈযু হাযবিব্রাও?

অহনবী : হোয। কুন্দুনা লৈযু।

সহানি : লৈবোই। (দলান্দ কাখৎখিবা)

অহনবী : শক্তাসিদি নঙবু কনানা উশিংপিনি হায়বগে। নমাইনা
নমাই থক্লিবা ... ... হুম অঙাংসিমা।

চান্দনী : আঃ লৈবনি চংলকউ। চংলকউ। মফি হোংদোক্লুনি
হায়হুনা চংখিবনি। কম্মু কৈদৌরবগে।

চান্দনী : যারনি ইমা। (মোকাদ কপ্পী)

অহনবী : হে ইবেম্মা সহানি, নমান্নবী লাকইনেহে

সহানি : ঙৈহাক ঙাইবম্মোয়্ ইমা। ঐ খোরক্লগে (ইমুংদগী)

অহনবী : ইবেম্মা, সহানিস্থ খোবক্লনি, ঙৈহাক ফমহৌখো। ইমা
ইমুং-মন্নুংগী থবক ইনথাং অমুক্ত নোমন্নখিগে।

চান্দনী : য়ানি ইমাইবেম্মা।

মোহেন : (কবিতা থিত্নুনা চংলকপা)

ও। ফজৈদকো লৈবাং
শজিবু গুলাব লৈনুংশি, নিংথিবী, ফজবী
তথকপনা নঙগী ওইজবী, ঈখৌলাংবী, নুংশিবী
বেল্লে লৈরাং লৈখোক্তে বসন্তস্থ লোইদ্রিবৈঙে
লৈবাং নঙনা বেল্লবদা লৈহি পাম্বা ঈখৌলাংবা
খোইমু পরেংনা নিংবা কায, কযাদ নিংঙমদনা হনখ্রিবা
হনখ্রিবনোনে, লৈরাংনা কেনখ্রবদা ঐ........ ... ... ।

চান্দনী : য়াম্না ফজখ্রে, তামোগী কবিতাসিদি

মোহেন : ফজবা কবিতা কযা থিত্নুনস্থ ঐনা পোত্থাগদবা লৈত্রে।
গুপ্নগী মান ঐগী ইনাক্ত লেংদনা ফমদ্রিফাও।

চান্দনী : হাযম, হাযনরিবসিদি চুম্লেদনা, তামোসিদি ঙাওবেদনা।

মোহেন : চান্দনী নঙস্থ অত্নুম খনব্রাও? ফজবা উরগা ঙাওদবা
কনা লৈবি মীওইবা

চান্দনী : অদো, ঐবুদি খন্দেয়ে, অদো মীনা হায়নয়ে।

মোহেন : হাযজসন্নু, হায়জনিংবনা পেল্লা হায়জসন্নু, কনানা কনাগী

পূরিংবু ফাকবা ঙমগনি। নঙ, ঐ, মা ঐখোয় পুন্নমক তোঙান তেংঙাল্লি। নঙ, ঐগী পূরিংবু মশক থঙদে। ঐসু নঙগী পুরিংবু থঙদে। থঙনবসু হোংনদে। মীশিং-সিংদি মীরা ঙাংনবা পাম্মী। কুম্মৈ য়েংনিংই মীগী অরাবা নুঙাইবা কযাদু যেংলগা মখোয়না নুঙাই পেল্লি। মখোয়গী পূরিং অদুতনা শেমজিন শাশিনবা রাখল কয়াদুগা মীদুবু মওং কযাগী শক্তম পুহল্লি। মসি মীগী হৌনশানি।

চান্দনী: মীনা হায়নরক্তুনা অসুম শন্দোরক্রবদি করিব্রা?

মোহেন: শন্দোবসনু, মনিং তম্না শন্দোক্রনু, পাউথাং থাজবা মখোয় অপংবশিং অদুনি, নোংম অশেংবা খংলকপদা মতমগী তোর্ব্বান্দ লেপ্লগা থক্কৎলবা মমিংতুনা ইপা-পাখৎ-না যেংলক্কদবা অবংবা মিৎনা যেংবা ঙমদ্রবা, অশেংবা নুমিৎকী মঙাল অদুদ। নঙ খর শন্দোক্কে হায়বগা শন্দোকপিযুদনা অপঙ-অপঙবা থিরগা।

[mood শাগৎপা]

মিৎকুপ পুংজা অমত্তা থানদনা পাইমিন্নৈ

অমংবা নোংগা লৈচিলগা মতুম্মু ঐনা পামজরুই।

চান্দনী: হায়মা তৌরিবসিদি করিনেগে।

মোহেন: অনৌবা যুগকী অনৌবা আশা

ফাওরকথি কবিগী থম্মোইদা, অমুক হায়নবা লৈতনা কবিগী থম্মোইদা ঐগী থম্মোইদা (ঙাংনা ঙংনা চংখিবা)

সহানি : (হরাওনা কুমথরকপা) চান্দনী, নঙ লাবপা য়াম্না ফরে। টেবলদা লৈরিবা খাওদগী চিঠি পুথোবকই। [ওন্ন-তৈননা হনখিবগী পোজ ] ইসে ঐদি শোযগ্রে, কম্মাই তৌনি।

চান্দনী : কৈদোৗরগে।

সহানি : ওন্ননা হনগ্রেমো।

চান্দনী : নমাই থকম ল্লি, খর চেৎচা হ য়বত্নি। ন মিৎনা মমিৎ য়াম্লিবা।

সহানি : যামদদি।

চান্দনী : নুপীনা মিৎ য়াম্লবদি মংজগেদনি। নঙগী রতাসিদি ঈবেম্ম লৈখোঙ শঙবা কনবগী ওইখিবতাইরে।

সহানি : হেরা তুমিন লৈয়ু। মাবুদি অশোয ছারক্ম থম্নি।

চান্দনী : অতোপ্পা অমনা কনা?

সহানি : নঙবু খঙদ্রিবো? ঐনা স্নুবয়া যাবীদবা মানদি যাম্না পামজবা হেবা মথা লৈকাইদগীদো।

চান্দনী : হে। হে। অদু ওইরে, নেগ্রো মানবা শক্তাথিদো, তঞ্জে তঞ্জে মশক্ত উবদা অদুম ওনিংই।

সহানি : হেবা মশক থিজসন্নু। মবল লৈরিবত্তুদি। অদুগনে, চান্দনী মানা কয়ামুক পামজগে হায়ববুনে, মো ওইদুনা করিগুম্বা থায়নরকুবা ফাওবা ঐবু লৌনি হাযরিবনি।

চান্দনী : খিৎ পাম্মনগ্রবা হায়দুনি। অদুগা সহানি নঙগী হায়-গীদুনা কমদোৗব্রবা?

সহানি : তৌবগীদি চান্দনী, ঐনা শেংনা মুংশিজবসে মাক্তনি। অতৈশিংগীদমক্ত থোয়না থল্লুব্রবস্মু নোংমতা ওইরবস্মু ঐদি মাগীদমক্ত থন্দবা ঙমদে।

চান্দনী : ই। মুংশিবা হায়বত্থনিনে নঙগীত্থদি।

সহানি : হোয, মত্থুৱা থংদে।

চান্দনী : অত্থু নবানিবু করম তৌনা থঙনব্রিবনো?

সহানি : থঙদে, সোবোক্ত অমুক অনিরক থেংনখি। উন্নরুবা মিংকুপ্তা মাগা ঐগা হেক্ত ইকাইনৈ। অত্থুগা মাবু করি-নো কদাইদগীনো হাযবস্মু থঙখিদে।

চান্দনী : ই। নঙ মতাম্মা তৌবেহে।

সহানি : ময়মিংনা নোক্তুনা ঐবু ইতং তত্তনা কৌরকখি। ঐনস্মু খুমখি ইতং-তত্তনা।

চান্দনী : নঙনা হেক থঙবিরুবেনে।

সহানি : থঙদদি, ঐখোযস্মু মীগী পুরিং অমা লৈরিবুদি।

চান্দনী : অত্থুদি মথা কমদৌববা?

সহানি : (মমিং উইথবত্থনা) নোংমা মানা ইকাইনা চংশিল্লক্তুনা হায— বা অমত্তা হায়জগে। ঐনা ইকাইনা থুমখি— করি হানৌ? মুমিত্তুদগী হৌনা ঐখোয় অনি ··
অত্থুদগী ঐনা নোংমা অরানবা পাঙবু থাজরুবদুগী, মাবু ঐনা ইস্থোকখি। মানা কৌকাও খুমুদ্রে। ঐ মঙোন্দা লানথ্রবনি।

চান্দনী : নত্তে, নখোয় অনি অমুক চৎম খিত্রবা ?

সহানি : খঙদে, ঐগোন্দা অমুক কৌরকখিদ্রে। অদুগা ঐনা চিংনবা পুম্নমক্তুস্ন অবানবা ওইরম্লে। ঐ লানখ্রে। মাগী মফমদা ঐ লানখ্রে।

চান্দনী : অদুগা হৌজিক মাদি কদাই চৎগ্রবগে ?

সহানি : মীরৈবাক্ত লাইবিক তম্বা চৎখ্রে ? খঙদ্রে, অরাবনি চান্দনী ঐনা মাবু ইম্বোক্লুবসে। কয়াদ ইরাল লৈগ্রবা ঐ লানগ্রবনি। মাগী মফমদা ঐ লানগ্রবনি।

চান্দনী : হয়েং মীরৈবাক্তগী খোবক্লগা অমুক উনবা হায়বদুনি।

সহানি : থাজদ্রে মাদি য়াম্না ইকাইথিবনি। ঐগী ইফমদা অমুক হাযরক্লরোই।

চান্দনী : অসি ঙাক্তনি। মুংশিবা ঙাক্ত থুংনদে, থুংনবা ঙাক্তনস্থ মুংশিনবনি হায়নদে। অদুগনে সহানি, নঙসে যাম্না মুংশি চাওমল্লিকো, নোংমদি লৈকাই বাখোক ওইজনি।

সহানি : যবে, ঐখোয়দি রারীদা মুল্লুবে। চা লোল্লুখিগে।
[চংখিবা, চান্দনী টেবল মথক্ত লৈরিবা পোৎ-চৈনচিংবা, খবর পাদুনা লৈ]

অহনবী : (নুঙাইতনা খোরকপা) নত্তে, ঐহাক ঙসিদি মাগী অশেংবা পরিচয় অমা খঙদবা য়াদে। ঐনা মাবু থিরুগদবসি কদাইদনো ? মানা করিগুম্বা অফিসতগী হল্লক্লবদি শোয়দনা রা খোক্লবা তারে, কনাদ হংঙুনি। মাগী তিন্নবা কনা লৈ ?

চান্দনী: কৈদৌৱগে, ইমাইবেম্মা, কনাবুনো হায়বিছুবো ?

অহনবী: নঙগী ত,মো ৱাজেন্নি।

চান্দনী: কদাইদা চংগ্রবগে ?

অহনবী: খঙদে, নহালমুকম্মু হপ্তামুক হল্লক্তুনা ইমুং-মনুং হুপ-তুনা থিরুবনি। অদুগা ঙরাং নহালসি চাক চানবনি হায, মমাম্নবগীদ লেকই হায়, যুমসিদ ইহল হল্লক্তুবনি। অদুগা ঙসিদ ইনৌ নৌনা তাবা পাউ অমনা মপাবুংনা মাবু বিপ্লবী য়াওই হায়বম্মী।

চান্দনী: করি হায়বা?

অহনবী: ও। বিপ্লবী য়াওরে হায়নে। অদুদগীদি ঐনা ঙৈহাক চখোকখ্রিঙৈদ মফি মরোল যোমদুনা অমুক চংগ্রে হায়রি। মাগী মওং মতৌসি খংগ্রবদি শোয়দনা লাল তৌরনি। হুজিকপু মাবু কদাইদা থিরুগদবনো খঙদ্রে।

চান্দনী: তামো ৱাজেনগা য়াম্না লোন্দিন্নদা তিন্নবনি মীতৈ মরুপ-কী থবক তৌবা ঙাঙোম্বা নত্রনে ?

অহনবী: ও। চুম্নে ঙোম্বখোয়দা চত্তুনা অমুক থিকদবা ৱাদে। ঙৈহাক ফমহৌখো ইবেম্মা। [থোকখিবা]

সহানি: (চা পুত্থুনা থোরকপা) চা লৈরে থকসি। ঐখোয় ইমানা হায়রম্লিবহু করি হায়রম্লীবনো ?

চান্দনী: নখোয় তাচৌ ৱাজেন থিরুনি হায়দুনা চংথিবনি। নখোয় তাচৌ বিপ্লবী য়াওরে হায়রিবসি অচুম্বা ?

সহানি : খঙদে, নহালমখৈদি ঐখোয় পাবুংনা মানা লিচৎ-শাজৎ অসি খঙলমদবনি। অতুগা হুজিক্কী ঐখোয় পাবুংনা অক্লিসত্তগী ঐখোয় তাচৌগী পাউ লোইনা খঙলক্লবনি।

চান্দনী : হোয়নে, ঐখোয়নগা নখোয় য়ুমদা লাকপগসে মাদি অশাওবগী মওংদা খংনবগী মওংদদা লৈরম্মী। অদ্ গনে, নখোয় তামো মোহেন্দি নুঙাইখ্রেদ।

সহানি : মাদি য়াম্না ফবনে।

চান্দনী : হোয়নে ঐদি মাই মতৌসে যাম্না নুংশিরিয়ে।

সহানি : অদুদি ওইবগা নুঙ ঐখোয়দা লৈরসিদনা।

চান্দনী : ঐবু য়াইয়ে। অদুদ— ফাগী তৌবনিদ। ফরে, অদুদি ঐসু হন্নবা তৌখ্রগে।

সহানি : ঙাইহৌও। নঙ নত্তোমতা হনখিবা নুঙাইরোই। ঐখোয় মান্নাই থিল্লকনগে।

চান্দনী : হেবা যারকওইদু।

সহানি : য়ারক্কনিয়ে, মবুক য়াম্না ফবনি। লৈরম্মু ঐ কৌথোকলুখিগে। [চংখিবা]

চান্দনী : ঐবু হেক্ক হায়রসিব্রনে, অসিদব অমুক ইকাইখিগদ্রা? হুমঃ ইকাইবা য়াদে, হায়গ্রেদুহে হুজিক্কী মতম্নদবু।

[সহানি অমসুং মোহেন খোব্রকই]

সহানি : চান্দনী, ঐখোয় তামোসে অমা মনিংল্লোমদা কবিতা ইদুনা লৈরম্নিবা।

চান্দনী: অতুদি চৎলসি।

মোহেন: আঃ যুমফাও থিনগদৌবিরা?

চান্দনী: হোয়, মমশিল্লক্লবনিনা, যুম ফাওবা থিনবীবা তারেদনা অতুদি সহানি, ঐ অমুক য়েৌপ্রগে।

সহানি: ঐ অস্থুম লৈহৌরে [চংখিব]

(মোহেন অমম্থুং চান্দনী মমাংগী লৈকোল অতুরাইদা)

চান্দনী: (ইকাইনা) ঐ রা অমত্তা হংগেনা?

মোহেন: করি রানো?

চান্দনী: হেবা হায়ববোই ইকাইবেদ (ইকাইবা)

মোহেন: লাকও থেংগ্রনি, সোরোক্তা চৎনা চৎনা শাবা হায়বতুনি।

(২মক নোকবৈৎ তৌবগা থোকখিবা)

সহানি: (নরেন চংশকপা উবদা ইমুংদা চংখি)

নরেন: (চংলবপা) খোঙ্গিদা, বনা মত্তা লৈত্রবা জাৎলনে, নত্তে মাবু চখোকপ্রবা জংলো? তুমঃ ঐ তুরানবা তানি-কো। ঐবু হনপ্রসিরা, চংখি তবেদ। চৎকে তৌই, চৎপা হৌবা)

সহানি: (মতুংদগী খোল ওল্লহনা) হো ইবুঙো, কনানো? করি থবকীনো? কনা উনগে লাকপনো কম্মু। কম্মু।

নরেন: ইসঃ ঙসিদি চোপলৈদনা, যরে কোম্না হায়বা হাবতুনি। ঐ চেহ্লাদবা য়াত্রি। (হাথু হাথু থোকখিবা)

সহানি: (তাকতুনা ফির্জি পাই) হেঃ ঐন বৈদোরগে।

নবেন : ঐদি পাখৎলুরেদনা।

সহানি : অদুক পাংদবা, ডাক্তবনবু অদুক পাখৎপা।

নবেন : ঐনা চংলক্লিবসি, লাইমেংবদি নত্তে।

সহানি : কৈদৌবগে অসুম লেপ্তুনা লৈরিবসিবু, লেংশিনবীবকও।

নবেন : ঙাইখোনে।

সহানি : কৈদৌরগে 'মুক

নবেন : হোৱেন ইমুং-মচুংগী মী থোরক্তুনা ইচোপ চোপ্পরদি

সহানি : লাইরিক তম্মীনবনি হাযবগা লোইবে। করিমত্তা চিং-নবিরুম্মু। ঐনা থোকপা খুমজনিযে।

নবেন : যবেনে, থুম্নীঙাই উপাইবু লৈরবদি। (চৌকি চিংথোক্তুনা ফম্মী)

সহানি : কৈদৌঙৈ 'মুক লেংবীগদৌরিবা ?

নবেন : খঙ'দ, ইস্কালদা থোবক্লবদি পাক চংনিংদে। যুম হায বসিসু মগুন অমনি। অদুবু হুজিক্তৌ নঙবু উননিংবনা হেক্তে থোরক্লীংই, পরিক্ষা লোয়বগা ঙাইঙমপোৎ নত্তে।

সহানি : হাযজিল্লিবা ওইবিনি।

নবেন : অওইবনে, হুজিক কাল্লসিদি শেন্নবা বন্দবা যাদে। ইবেম্মখোযনদি শক ফজবনিনা মমলসু আ যাম্নবনিনা।

সহানি : অদু ঙাইয়ে। বুম্বী কালেন চহি অসুক কুইবা থাংজ-ররগা। হুজিকপু মুক শঙ্কিরমদাইদা হুঞ্জেকশিরবদি।

নবেন : অদুম্না হাযজবা তারগা পুকচেল অসি চাওথোকচৈ, ফং-লবোইদ্রা 'মুক থুল্লরবদি পুক্লিং অসি রাশিন্নকই।

সহানি: ঐখোয়না হেন্না চিংনজরিবনে।

নরেন: করিগী ?

সহানি: ছুজিক কালগী পুকচেল পিকপা অঙৌবতা পাম্বা মপা ওইবগী জাংসে, থাজনিঙাই ওইজদে।

নরেন: অতেদি লাইরি, ঐনা শিবা নাবা কিদমখৈ চংজরক্লিবসি মমম খঙবিরব্রা ?

সহানি: খঙহবে।

নরেন: করিনো অদুদি ?

সহানি: খঙব্রেনে (ইকাইবা)

নরেন: সে-ঐনা পামজনা লৈজবকপা থুদোলপোৎনি। ঐনা অমুক চংড্রিবগী মরকসিদা অমুক উন্নখিসি।

সহানি: কৈদৌঙৈ চংবিগদৌবিবা ( পাৎ লৌবা)

নরেন: কুইবরোই, হাপ্তামুক লৈরদি চংলনি। নুমিতু হায়বকে উন্নগদবা।

সহানি: ইয়া যাইযে, নঙনা অশংবা নুমিত্তা।

নরেন: ফবেনে, অদু ওইরগা হয়েং উন্নরসি।

সহানি: কদাইদা ?

নরেন: ঐ অঙাং অমা থারক্লে। শোযনবদি যাদে মতম লৈত্রবনি।

সহানি: ফরে, ঐস্থু হয়েং ঙাইজরম্নগে।

নরেন: অদুদি ঐ য়োনবা তৌগ্রগে। [থোকখিবা]

একেন: [নবেনগা লেংথৈনৈ, নরেন্না চংখিবদা মুন্না য়েংহৌই,

সহানিদা মুন্না য়েংলগা চংলকপা—শাওনিংনা] অদু কম দৌসি হায়রিবনো?

সহানি : কৈনো?

একেন : ঙাওশিন্নদু, ঙাওশিন্নদু। হন্দক্কী ইঙেৌরোক খুরুম্বসি শোয়নবা যাদে হবাগী এডভান্স পিগ্রবনি। অযুক ঙন্না চংখিসি। অদু নঙ পাউ য়ান্না তাইকো।

সহানি : করি পাউ তারিবা?

একেন : নশক-নতৌ য়ান্না ফজবনিনা সঙ্গ য়ান্না তৌবেনে।

সহানি : মাইদি অস্তুম হেক্ত হয়রক্কদবনি।

একেন : হাযদদে, মিংন বুপ্তমথৈ শেন্নজববু নঙনা অস্তুম হেজিল্লকই।

সহানি : লৈখোঙ শংবা অদুক কনবা নঙোন্দগী নাম্বোক্তুনা ঐনা কনাদবু চংবদৌরিবনো।

একেন : অদুবুদি নঙস্তু লৈশাবী নি কোযনজৌদ। লৌগদবা ঐনা লৌরগা লোয়বে। অদুদঃ হুজিক কালগী নখোযগী য়ানিংদবা অমা লৈযে।

সহানি : কৈনোনে?

একেন : নথোয়গী সুংশিনবা য়ান্না থমগনবসে। ম-চং-মচেৎ খায়দুনা সুংশনবসে ওইরে ঐনা থবাই চাক্লবা।

সহানি : হো মতমগী চংনবীনে, হুজিক কালগীনে খঙবীরব্রা? অমনস্তু পামিই হায়জিল্লকই. অমনস্তু সুংশি হায়জিল্লকই। অদুদবু মচেং-মচেৎ থৌগ্রবদি।

একেন: হোয় মতম হুবযবসিস্থ লুরি। মতমগী মী, মতমগী মুং-
শিবা, ঐখোয়স্থ ওইদবা যাদবনি।

সহানি: তাএকেন ঐনা পামজদবা অমসু লৈদে।।

একেন: কৈনো?

সহানি: লৈকাই মশেল ওনশিন্নবসে।

একেন: নত্তে, নওনা হায়রিবতুবু ঐগা তোক্কবা যানবা তৌবক্লিব্রা।

সহানি: নত্তেদ, পামজদে হাযবনিদ।

একেন: মতমগীনে, যাদবনে, খিং পংথকক্লগনু। অরাপ্পদা কোই-
দৌ শকক নশক ইশক খওনবা, খুৎনা লাম্বা কংবদা
কোযনবসিনা ফজনে। হযেং লুহেংবদা হয়াগী পৈশা
তিংদনবা।

সহানি: হোযদ তাএকেন, মতমগী হায়তুনি।

একেন: মৈন্নখাদা ত বা মনি খুন্দনা তোক্কদ্রা। অরাপ্পগী লৈ-
শাবী থাজদে। হৈনৌ অমুনবা তিন চংগল্লি। নাকেংনা
তাবা লৌরুনু মিৎনা উবা থাজে।

সহানি: ঐখোয ইমুংগী মী তাবমতুনা তোক্করনি।

একেন: তাজসনু, খংজসনু, অদু ওইরবস্থ কৈস্থ চিংনবীদে কৈস্থ
বিবিদে।

সহানি: অং। কিরোই।

একেন: কৈনো অস্থুন চুথোবকপনি হংযরগপ্ত লোইবে। ঐনা
তুজিক কিদনা লৈরিবসে লৈকাই মশেল ওইবদগী নব্রা?

সহানি: অদু তাইয়ে।

একেন : ফরে, সুমদোসি, ঐস্সু হনগ্রগে। অতুগা হন্দক্কী ইঙৌ- ৱোক লাই থুরুম্বসিদি শোযবা যাদেকো। হন্দক্কী লাই থুকপা চংপা অসিদি বব নিমিন্নগদৌরিবনি।

সহানি : করি হায়না নিংগদৌরিবা?

একেন : হেরা, হুজিক ফাওবা খঙত্রিব্রাও?

সহানি : খঙ ত্রিনে, মতুম ঙৈবাইহৌদবা যাত্রিনে।

একেন : হেরা নঙসু খঙমন্দ্রেনে, সুমহাই হায়গদৌবনে—পাম্মু নাক্ত থুংজগে, ফুংশি সেবা ফংজগে, ফুংশি-ফুংশি থুংনসি" থুংনদবা য়াদবনিকো, লৈমিন্নগদৌরিবনি। ঐ চৎলে শোয়নদবি [থোকখিবা]

সহানি : হে ঈশ্বর! তাএকেনসিদা মযুম পানগ্রবদি ফনিদ।

[তেবলদা চাইবিবা পোৎ-চ লোইশিল্ল]

অহনবী : (মুঙাইতনা চংলকই) হুজিক একেন লাৱম্নীবতু করি হাযরম্লীবনো?

সহানি : ঐখোয় তাযাই হংবা লাক্লম্বনি। তাচৌ লৈবম্নব্রা?

অহনবী: খঙদে, খঙদে [শাওনিংনা ইমুং চংখি]

মদন: [যু ঙাওরি ঙাওরি তৌদুনা চংলকই] কনানো, সহানি নমা লৈত্রা? লাও হায়যু। [সহানি চংখিবা]

অহনবী: কৈদৌরগে তৌরিসিবু [থোরকই]

মদন : অহনবী ঈশিং খর পুথোরকউ।

অহনবী : [ঈশিং লৌরুরগা থোরকই]

মদন : (থকপা) মৈচাক কোকপ্রা হাযববু হেন্ন হেন্নহুম শাগৎলকই।
অহনবী : করি তৌরবগে ?
মদন : ঐনা ঈংনা–চিক্লা লেম্বা পুন্সি অমগী আশা তৌরুরে। নহাক লাইরিক-লাইশু হৈববী মতিক চাবী মুপী অমনি। ঐনা নঙোন্দা থাজবা থম্মী। অদুনা ইমুং মনুংগী ভার পূন্ন মক ঐনা নঙোন্দা শিন্নখি। অদুবু নঙগী নরাল খবনা ঐগী অশোযবা মতমদা পোত্থাবা ফংহল্লোইদৌবে।
অহনবী : করিনো হায়বিরিবসিবো? ঐনা করি তৌরবগে?
মদন : মসিবু ঐনরো? ঐগী ইন্নাল্লা? পূন্নমক নঙগী নরাল ওইগদবনি।
অহনবী : করি তৌরবগে? করিগীনো পোত্থাফম যংলোইদৌরি-সিবু।
মদন : ইমুংগী অঙাং পূন্নমক্কী ভারদি নঙনি। অঙাংশিংনা লম হেক্তিল্লক্লিবা নহাক্কী অশোনবনি।
অহনবী : অঙাংশিংনা বৈদোববগে ?
মদন : নঙগী নচা বাজেন্না জেবিবসি কবিনো? মানা ঐবু অম্মুক যান্না কিদ্রিবসি কবিগীনো।
অহনবী : বাজেন্না কৈদোরবগে ?
মদন : কৈদোববগে? মানা ঐগী মাযোক্ত থবক তৌবি। কান্ন-দবদা মশিংথা ফুদোক্তুনা হোৎনরি। মহাক মীচেন ওই-রক্লগদবনি। অদুগা ঐনা মাবু ফাত্তুনা সরকারদা শিন্নগদ-বনি। পুন্নমকসি কমদৌনা ওইথোকঞ্জিবনো? ঐগী মাযোক্তা লেপ্পা ভন্নীবা থৌনাসি কদাইদগী লাক্রিবনো?

অহনবী: অতুবু কবম্মা ঐগী ইরাল ওইগদৌরিবনো?

মদন: নঙগী নরাল নত্রবদি কনাগী মরাল ওইগদৌবিবা?

অহনবী: মখোয় পাবুংনা লানবনি। পিক্লিঙৈদগী প.খং ফাবক্ল-বা ফাওবদা ঐনা অম্মম রারক্কুনা লৈগত্রা? নে.ংমতম্ মখোয় পাবুংনা অঙাংশিংবু যেং.শিনবীবা ভ.দে। হুজিক্তী চাউবে। মানা মানা থোকপা তৌরে। মসিদা ক.বিনো ঐনা তৌগদবা

মদন: অহনবী! ঐগী অ.শেংবা ইচা ওইববদি ঐনা হাযবা ইন-গ বনি। ঐবু কিগদবনি।

রাজেন: (প্রপপ চ.ংনকপা)

অহনবী: (রাজেন উ.দা) রাজেন।

রাজেন: কবি হ.য়গে ইমা?

অহনবী: নহাক বিপ্লবী যাওই হাযবসি অশেংবা ওইবনে।

রাজেন: কবি হায়বা ইমা য়াওদে হাবরেদনা।

অহনবী: (শাওনা) মীনম্বা ঙাংমু।

রাজেন: মীনম্বা নত্তে ইমা, অচুম্বনি।

মদন: তুমিন লৈযু, ঐ লোযনা খঙই। ঐ ভি.উলেন্স ওফি-সারনি, নখোয়না শাবম্বা কেম্প, নখোযনা হাম্না লৈদম্বা মফম অতুগা ত্রেনিং তৌফম পুম্নমক্কী চে-চাং পুম্নমক ঐখোযগী অফিসক্তা লৈ, মতুদ নঙগী নমিং চম্বং ফোটো য়াওরবনি।

রাজেন : থাজদে, মতু শুমমক ওইদবা ঙাক্তনি।

মদন : খঙলে। করিগী মপানা মচাগী মাংনবা তৌগদ্রা? নঙসে ঐগী ইচা নত্ত্রবনি, য়েরুবনি লৈবাক্কী। বিপ্লবীনি সর-কারগী মায়োক্ত। সরকারগী য়েরুবা ওইববনিনা নঙসে ঐগী য়েরুবনি।.: নঙসে ঐগী ইচা নত্তে, ঐগী কাংখ মথাদা লৈবা লিল, থুজিলদা চংবা তুমগা চপ মান্নরবনি।

অহনবী : থুম্মুদনা অমুক্ত, নত্তে নঙবু বিপ্লবী য়াওদে হায়বদাই।

রাজেন : (নিঙমদনা) ইমা। বিপ্লবী হায়বা থাহৈসে মজাতিবু কম্নিংবা মজাতিগী নিংবা থুংত্রবা মরৈবাকপু জুংশিজবা থম্মোই শোকপা কাংবুভনা বিপ্লবী অসি য়াওগদবনি।

অহনবী : রাজেন, তুমিন লৈয়ু ভানিংদে।

রাজেন : মশাগী ওইজবা থিবদা চোকথরবা, নিশাগী ময়াইদা লুপ্তুনা ওকখিত্রবা লমচঙা হৈনরবা, শেঙা থুমজা তৌরিবা, অচৌবগী থুরা লেক্লবা হুইগুমী মীতে অফিসারশিং অসিনা লৈবাক অসিবু মাংহন্নকপদগী কন্নবা হোৎনরিবা মধা লৈবাকপু জুংশিবশিং অসিবু লৈবাক্কী য়েরুবনি হায়জিন্নি-বনি। ইমা! লৈবাক্কী অশেংবা য়েরুবদি মখোী মশক থঙত্রবা অফিসারশিং অসিনি।

মদন : অহু ওইরবদি রাজেন। হায়য়ু নঙস্ন মথোয়গী মরক্ত ১রা?

রাজেন : অনাবা লোয়নরকপা মতমদা লাইয়েংবিবগী মহুত্তা অনাবা থজিক্কুং হোৎনরকপদা লায়েংবিহৌবা দরকারবনি।

মদন : তুমিন লৈয়ু, ঐনা হায়রিবসিগী পাউথুম পিয়ু। নওগী রাকোয়হু তানিংদে। হায়য়ু নহাক বিপ্লবী নত্রা?

রাজেন : মাখি, ঐহাক বিপ্লবীনি।

অহনবী : রাজেন (খুবাক্না থাবা) করি হায়বা?

রাজেন : ইমা।

মদন : নহাক বিপ্লবী ওইরবদি মকম অসিদা নহাক্কী লৈকম লৈতে। চংথ্রো চংলো। নঙ ঐগী য়েরুবনি (লাওবা) চংথ্রো চংলো। চংথ্রো, নত্রবদি— (নোংমৈ শক্তুনা উৎপা)

রাজেন : মতুমক ঐহাক পাম্মী। চংকনি। অতুপা চত্রিভুগী মখাংদিদ মসিমদি খঙবিয়ু ঐহাক বিপ্লবীনি। ঐহাক বিপ্লবীনি. (লাওবা)

অহনবী : কদাই চংকদৌরিবা?

রাজেন : আদ অরাপ্পদা, মীচু ইমাবু মুংশিবা, মজাতিবু কন্নিংবা খুঙ্গংগী ইচিন-ইনাওশিংগী মরক্তা - মখোয়গুম্ব তৌশিন্নবা, মীনম্বা ও ংবা, তুকচরবা অফিসার, লৈবাক্কী মাংনবা জেরবা, মখোয় লৈতবা মফম অমদা (চংখিবা)

মদন : চংথ্রো, get out

অহনবী : রাজেন (জুরবিবা)

মদন : থাম্মু মাবু থাম্মু অহনবী. [মুডাইতনা] ঐনা বিপ্লবী অমা য়োক্লবগী করি কান্নগনি। মহাক চংথ্রসমু। লৈবাক্কী য়েরুবা ওইরবদি ঐগী ইচা ওইরবস্ব মুংশির্দম থোক্কে। ও। মহাক বিপ্লবী ওইপ্রবা।

[অহনবী খামা বিভমদনা মচা চংখিবদা লিঙ্গুবা : অমগা লোরনন্ব খাম্মী হুনোংমা চংকক্লা রাথল উংদুনা মসথখি।]

Light off,

শিল্ হায়দোরকপদা অহনবী মচা রাজেন ফাখিবগী মৈচাক্লা থোঙদা ছারদুনা চিন্তা তোদুনা লৈরম্মী। Stiar way দা সহানি কুমথরকই। ফোন্দা ঙসাইদগী ৬/৭ বক হল্লা কোল তৌরি। সহানি চংশিন্দুনা ফোন পাইখৎলি।

সহানি: হল্লো,— কননো? পাবুং ···· লৈ। আঃ থোঙদা লেপ্তুনা চিন্তা তৌরি। করি হায়বা— অওইবা। যরে থমগে [ফোন থম্বা]

অহনবী: (চংশিল্লকপা) করি হায়রক্লিবনো?

সহানি: ইমা, তমো রাজেন্দো জামিন লৌবা যারে হাযবে। ঙসি নুংথিল পুং ১/২ তাবা অদ্বাইদা থাদোক্লগনি।

অহনবী: অওইব্রা সহানি? অওইবা।

সহানি: অদুগা পাবুংনা হল্লকপদা চখোক্লমগনু, ৱারী শাগদবা লৈ হায।

অহনবী: অদো ঙসাইনা ঐঙোন্দা হাযবা য়াদ্রা? (মপি তৈথোকই) নখোয পাবুংসে কর্যাদ মবুক যথ্রবা। রাজেনবু মানা স্তকযা যাদবনি। জেলদগী লৌথোক্লোই হাযনা ৱাশকখিবনি অদুগা সহানি, নখোয ত মো রাজেনসে হেনমল্লে-হেনমল্লেকো। নঙ পাবুংনা শ্রাওবা চুমই-শাওবা য়াম্না চুমই।

সহানি: চুজিক্লা পাবুংগী মীচং চংবিরক্লিব্রা?

অহনবী : ইচাগী অহাওবা হেক্লাং খোংনুখিগে, ইচাকো চাকম থককম থগুলম্লরোই। মানা নহালমখৈ জেলদা লৈরিভৈদা নমথিগ্রবা হাওখিদ্রবা হেক্লাং চারমগনি। ইচাদো মবুক থল্লম্লরোই। (চংখিবা)

সহানি : অযুক্কী চাবা কাওবা তুমত্রিদে। শাথিগ্রেদ।

মোহেন : করিনো নশিংখা যুদোক্কুনা নমা নচা ভাংনবিখদো। মনুংদা লোম্না থমগদবাচিরোল মাপাল শাৎলক্লব্রা? মা-কোংদা চিরোম্নগদবা রানা মৈজাওবী ভইরক্লব্রা?

সহানি : হন্দক্কী রাঙাং রাতা য়াম্না হৈরে। কৈনো ওজা কমহনরা নত্রগা ছাত্রনা জ্ঞান তামহনবা?

মোহেন : নমাই থকপু মচেৎ-মচেৎ চেকখাইরকনি। কা হেনবা রা ভাংগপু নখনাও অদো চাওখোরকনি। মকোক্না হেন্না পিকপা মখনাওনা হেন্না লাওবা মওং কারবা মীশক অহু নহাক ওইনিংব্রা?

সহানি : কবি নহা হৈরে হৈরে। য়াম্না হৈরে। হন্দক্কী নশক মচু থোক্লে। (নোক্ল নোক্ল চংখিবা)

চান্দনী : সহানিবু কৈজবরা?

সহানি : চান্দনী, লৈ, চংলকউ কম্মু।

চান্দনী : য়ানি (কপ্পা)

মোহেন : কমদৌরি? —তাচৌগী পাউ ভারব্রা?

চান্দনী : করি পাউ?

মোহেন: মথৌনা লৈবক্কী, বিপ্লবী ম্মাওবগী।

চান্দনী: নহাক খবরদা থেংনরে। মুড়াইতে ড মো মাকেন্না জেলদা লৈখিবহু যাম্না মুড়াইভে।

মোহেন: মশিংখা ফুদোক্কনা চেন্নবহু কাম্নে। মীওইববু কনা-নম্ব নম হাডুনা শিজিন্নবা ভম্নোই। মথম্মোই ওলহনবা নত্তনা কনাদম্ব Empose তৌবা ঙম্নোই। নঙ্গুম্ব খন্নুনে অন্নক চাওখৎলবা Society গী মীশিংবু কম্মা force শিজিন্নহনা কিহনগদৌরিবা?

চান্দনী: ড মোগী কবিতানদি কৈদৌনগদৌরিবা?

মোহেন: চান্দনী, নঙ খঙদ্রে। খুৎশু-খুৎলাইনা কনাগীম্ব থম্মোই খুদুম চনবা ঙম্নোই। It is imposible. কনম্না মীগী খুদুম চনগদবনি। Appealing ওইবা কবিতা ইগদবনি। মতমগী চানবা কবিতা। ৱাংহৌরবা সমাজগী শক্তম। মীগ মীগগী মরক্তা লৈবা, চনৈনবা, পেন্নদবা, মুড়াইন-দবা, missanthropic and unsocial element কয়া expose তৌদুনা অচম্বা প্রজাশিংদ, অচুম্বা থিম্নিং-ঙকপগী ঈহৌ অমা পীগদবনি।

চান্দনী: হোয়নে, চুম্মীনে।

মোহেন: ভাও, ঐগী অনৌবা কবিতাসি তাও।

**কবিতা—** লৈখাদ য়েংলগা পীকশিন্নি, ঐখোয়গী পুন্সি
অহুগা খক য়েংলগা/অথ লৈ হিংবগী

সিংহাসন অতুম কম্নব্মী গধা- অম্না
অতুগা বায়েনবা
য়োংজাও হমুবতুনা খেম খি
খেব অডোবী লৈশাবীদু/লুহোংনবা
সহরগী মোংলবা নালাদ
মকোকা মশাগা তোঙান তোঙান ভারন্মী
অচুম্বা চংপা নিপা অম্না
বাখল লৈরবা পাখং অম্না
য়েংখি দৃশ্যশিংদু/মশিং ফুদোক্লুনা
অদুগ মতোমত শিজখি।
মতোমত শিজখ।

চান্দনী : (নোক্লদুনা) য়াম্না শাথিনা হোংলম্নে।

মোহেন : করিবো?

চান্দনী : কবিতাবু হায়বা।

মোহেন : ঐস্লু মতমগী কবি ওইরক্লবনি। (অনিমক নোকমিন্নৈ)

সহানি : (খোরকপা) ও। চান্দনী। নঙ লাক্লিবোইরে। (চা পি চান্দনীদা অমা, মোহেন্দা অমা পি।

চান্দনী : নঙগীদি?

সহানি : লৈরিয়ে। (চংখিবা)

মোহেন : ওাইখো, ইবানিগী মরমদা সহানি থর থঙব্রা?

চান্দনী : থঙলম্বস্লু য়াই।

মোহেন : করিগী হায়রুরিবনো?

সহানি : হাওত্ৰব্ৰা? [সহানি মাপী চী পুহুনা খোরকই]

চান্দনী : য়াম্না হাওই [সহানি ক্ৰমথৈ, কুয়িন্না পুম্নক লৈনৈ]

সহানি : বারি শারোদনা কৈদোৱে?

মোহেন : নওগা শাহৌরগে হাম্নব্ৰা? ও! নত ইমুংগী থবক ইন-থাং লোইশিল্লম্নব্ৰা? ইমাদু মথবাই য়াম্না হুডাইত্ৰবনি।

সহানি : ঙসাইনা ইমানা লোয়রম্লবনি।

মোহেন : ও। অদু পাবুংগী Uniform অদু য়াম্না মোৎলবনি। কাবক কাবক শুবীরুদনা। চান্দনীসু ডাইজরমনি।

সহানি : য়াম্না ভৌরিবনিদা-।

মোহেন : অদু ওইরবস্ত ঘেংলুচো। পাবুংনা ঙাংবদু তাবা মুডাইব্ৰা?

সহানি : (নোক্লহুনা হৌগৎলি) চান্দনী কম্নস্নু। (মমিং খৎলহুনা চংখি)

মোহেন : অদু করিগীনো নঙনা মঙোম্দা হায়দোক্লুরিবদুবো?

চান্দনী : নোংম থংলকদোবা মরৈরে। কায়দেসে ঐ য়ুমদা য়াম্না লৈনিংত্ৰে।

মোহেন : কৈদোবে?

চান্দনী : য়ুম্না এনগেজ তৌরে। ঐ তল্লি, ঐ য়াম্না তল্লি। ঐ তল্লি হায়রিবসিনি। নত্তে করিনো হুজিক কাওবা মরিল লৈগদবা নিপানা তুম্নিন লৈরিবসিবু?

মোহেন : অদু ঐ কৈদো হায়রিবনো?

চান্দনী : ঐ যুমদগী থোবক্রবনি।

মোহেন : হল্লরোই হাত্রবিত্রা ?

চান্দনী : ঙসি নিংথৌকাবনি নঙনা হায়বা নত্রা ?

মোহেন : ফিভমসিদ, ইমুংগী মঙংসিদা।

চান্দনী : নঙনা থোকপা তৌ, ঐদি হল্লরোইদব নি !

মোহেন : ফরেনে, চংসি লাকওনে।

চান্দনী : (হোৌগৎলদ্না) কদাইদা ?

মোহেন : কনানা খঙনি, হেক্ক চংশ্রগা লোইরে।

চান্দনী : ফরে, নঙনা থোকপা তৌ, ঐগীদি নতুং ইনবনি।

(২মক থোকমিন্নখি)

সহানি : (থোরকই যেংই) হাইমা চংশ্রমাল্লেনেহে। ঙসি নিংথৌ-কাবনি। চান্দনীনা ঐঙোন্দা হাযরম্বদ্ ফাগীরা হাযববু ? ঐবু ইমাদ হায়সিরা, কোন্না হাযবগে। [বাজেন চংলকই] ভাচৌ— ইমা ভাচৌ লাক্লে। (চংখিবা)

রাজেন : তুমিন নৈয়ু ইখৎ—খৎলদনা।

অহনবী : (থোরকপা কোদ্না) ইবুঙো রাজেন। ইচা উদবদা ঐনা কয়াদ রাপ্রবা। করিগীনো নঙনা অদুক যান্না শাওরিদ্বো। মুমিং চুপ্পগী শাওদ্নস্তা নৈন্নিবদ্ করিগীনো? যেংউ মতুং মনাও নহাক অদুন্না ভৌবা য়াদেকো। নহালমখৈ মাওদে মাওদে, ভোৌদে—ভোৌদে হায়দ্না চেল্লম্বদ্ হুজিক্কী লোৎপা য়ায়রোই। লম্ হেনগল্লু য়াদবদ্ হুজিক্কী ভাব তারিনিনা।

রাজেন : ইমা।

অহনবী : হন্দক 'মুক তৌরক্লবদি নহাক্কী নহালসে কনানম্বু ডাক-
পিবা ওম্নরোই। অদুগা ঐনম্বু ইচানি হা[illegible] -কাও-
বা য়েংলরোইদবনি।

রাজেন : নখোয় কনানা য়েংবিয়ু হায়বগে। ঐবু কবিগী কনবি-
রিবনো? শিনিংলগা শিজনিংই। কাদোক ভানিংলগা
ভাজনি। ঐখোয়না ঐবু অম্মুক য়াম্না ওংলিবসে করিগীনে?

অহনবী : রাজেন নও মনাসি করিমত্তা মুংশিবিদ্রব্রা? য়েংউ সিদ
য়েংউনে (মনাইদা য়েংহনবা) ঐসিবু করিমত্তা মুংশিত্রব্রা?
ঐদি নহাকপু উদনা মিৎকুপ অমত্তা লৈবা ওবদে]

রাজেন : ইমা।

অহনবী : নমায়বশিংনা লাইরিক-লাইশু মিংথিজনা ভাহুনা মমা-
মপাবু কয়াদ হুভাইহল্লিবা অদুগা নহাক্না—। পুন্নবক
নওনা-তৌনিংবত্তা তৌ। অদুবু রাজেন নহৈ নশিং তম্বা
অদুতদি লোইখোকখো কৈদৌগে? নহাক্না ইমুং-মহুংগী
মীশিংসে লোইনমক য়ানিংদ্রবস্নু ভুগগী নওগী অমত্তা ভাই-
জরবা (কপ্পুনা) নওপীদমক্ত মতম চুক্না খল্লিবা নমা অমত্তং
লৈরি হায়বসিদি থক কাওগনুকো। হন্দমুকপু করিগুম্বা
নওবা হন্দোক্লুনা চৎপ্রবা, ইমাদি নওগী বাখলদা পোথা-
কম থওলরোই। সংসার অসিদা অমুক লৈরোই। মও
মসি থওবা থবক তৌগদবনি। (বণি উেখে কপা) লাকও

লাকও চংলক্লো। চাক ঈশিং চাত্তুনা পোখারবা। তাংলো।
(ও ং ও ংত্তুনা চংখিবা) লাকও রাজেন্

রাজেন: (তুমিন্না যমদনা লৈহৌই, মনুংদগী মাগী খোঙ্গেলদা)
তুজিক্কো ইমানা হায়ব্বদবো— নত্তে, নত্তে ঐ ইমাগী খল্লরোই, ইমা মুংশিবনা ঐবু থবক পাংবা ওন্নরোই। ঐদ নত্তে, ওসি মমা মচা মুংশিনবা কাম্বনবা কন্নানা চাদংখক্তনা তুম্বা মচেৎ, চাবা মচেৎ তৌদনা লৈহৌরগা ঐনা য়ুমসিদ মুওইনা লৈথোকপা। নত্তে—নত্তে মদ লিংজেন, মাপদবগী খুদমনি। নিংশিংলকই— মীত্তে ইমাগীদমক্ত মীতৈ জাতিগীদমক - ঐখোয় পুম্ব শিরে শিমিন্নসি—চংলে চংমিন্নসি মাই লৈদনা চেন্নরোই। থাংসি ইয়াদ চিক্তনা রাশক্লি পুন্না] পাংদবগী রাখলনি। শিরবসু চংলবসু ঐ মখোযগী মবক্তা লৈত্তবা য়াদে, নুক্কবদি মীতৈ জাতি কন্বা ওন্নরোই মীতৈ জাতীগী ঈরৈবাক্কী} (সোফাদ উংদনা ফমথখি)

সহানি: (থোরকই) তাচৌ ইমানা চাক চাররোয়ে।

রাজেন: হে ভাইখো, নও লাকখো।

সহানি: কৈনো?

রাজেন: অসিদা ফম্মু ফম্মুনে (কমথখি) নওনা তৌরিবসি করিনো? করি তৌরিবা হায়দনো? ঐনা থা ১/২ দং য়ুমদা লৈত্তবসিদ নওনা অদক রাম্না ডাওশিন্নিরিবা করিগেনো লাইরিক তম্লীবনি কলেজ কারিবনী হায়দনা নওনা সারাক্তা মন্না খিগত্তনা তৌরিবদ করিনো?

সহানি : কনানা হায়রিবা ?

রাজেন : সোয়োক্ত চংলিবসিবু নঙ নথেয় ? মীনা মমিং নাবা থবক নঙনা তৌরগনা ঐঙোন্দা পাউ পিরক্‌বা মী য়ান্না লৈ। নখোঙচু খুদেকউ হায়রা ? নত্তে, নঙবু হুজিক অমুক পুন্দুনা ফু হায়রিব্রা ?

সহানি : ঐ কৈথুদি তৌদনা, মীনা পংহায় হায়জিন্নিবা ওইবিনি ? কল্লক্কনা তৌরিবনি।

রাজেন : তুমিন লৈযু চিঙ্গীবিসিদি, শকখিবিসিদি, নমাই ইকাইবা খঙদ্রদনা। নমুম পানগে হায়রগা পানখ্রো, ইমুংগী ইজং য়োনগদগী শরুক, অপুম্বা, নমখি-হুঙাই, ময়েক-মহাওনা থল্লবা ওকখিদ্রবা, তুকচপ্রবা Hypocrites শিংতুগী ময়ক্তা নঙস্থ অমা ওইগদগী হোৎনন্নিনে। কবিগীনো করিগীনো ? ইমুং-মনুংগী মী পুন্নমকপে নঙনা ইথৌ থৌওইদ্রিবা করিগীনো ? ঐ লৈখিদবা তারবদি অমুক্তোইবা লোইগদৌন্নিনে।

সহানি : (কপ্পী) ঐ কৈগুদি তৌজদনা, মীনা কল্লক্কনা হায়জিল্লগা ?

রাজেন : কপশিন্নমু মুংশিদে, নচিন্না নচিন খিরিবা, মতোইনা লম হেল্লবদি লাক-ফান ওয়োইদবা ওইরবদি নখোঙ-নথুঙ, থুদেক্কনা থমগদবনি থঙলব্রা ?

অহুমবী : কৈদৌরগে রাজেন লাওদনা লৈরিবত্ববু লাকও (রাজেন চংখি) [থোংকপা] কৈদৌরবগে হাই ? নঙগী মাচৌনা কবি

হায়রিবনো? ..........নঙগী অচৌনা করি হায়রম্নবগে?
কৈদৌরগে, কৈদৌবগেমী? তৌমু-তৌমু ভাওশিন্নচুকো।
(মমানা পোং-চৈ-লোইশিন্দুনা লৈ)

রাজেন: করিগুম্বা খরা চাত্তুনা খোরকই)

রাজেন: নচল সিদ করি হায়বিরুরবগে?

রাজেন: মানা তৌরিবা অসি শাওরিবা হায়চুবা। ঐনা চৈরম্ব-দুগীরা?

অহনবী: করিবু হায়বিরুববগে?

রাজেন: পংমল লাকমল্লি, কুংশিনদুনা খর ভাংবনি। মীনা মাবু মচি ম চিদা ভাংনবদু ভানিংদেযে। ভাওশিন্নবু হায়বিগে।
(চংকে তৌবা)

অহনবী: কদায়দনো নঙনা 'মুক।

রাজেন: অম্বাইকাওনা চখোক্লগে।

অহনবী: নঙ চৎপ্রদু হায়বসি য়াররোইদ্রা?

রাজেন: কৈনো অম্বাইকাওবা অসুম চখোক্লগে। ঐ ভাব য়াম্না ভারবা ঙাংনি। ইমাগী মেংদুনা লাইরিক-লাইগু তমদুনা ইমাগী সেবা তৌনবা হোৎনববনি। থুনা হল্লকে (খোকথিবা)

অহনবী: চুমদ্রদো নঙ ভাচৌনা হায়রিবদো? নরম্নচবুনা নত্রদো? ঐনা নহালনা হায়বি ভাওশিন্নবু হায়দুনা (চংথিবা)

[মহানি বাগলনা ঊদুনা লৌরি]

নরেন: [চংলকপা] মহানি।

সহানিঃ লেংশিনবীয়ু।

নরেনঃ কৈদো য়াম্না খুঙাইতনা উবদা।

সহানিঃ কৈস্নু তৌদেদা।

নরেনঃ নম্তে নহালগী মুপাক্তবু কমানো? নহুনা করম হায়না লৈরম্বিবা? মতু মিত্তা অমা চুমদে। মুমিত্তুদগী মঙ্গা উমরগা বারী শাগে হায়রক্‌না মতম ডাইররিবনি।

সহানিঃ হেন্না মনিং অসিদগীনি, মমাই পার্শতুনা ডাওশিন্নরিবনি।

নরেনঃ মা যাম্না হেনমল্লি। ঐগী ইমাংমক্তদা মতু তৌগে হায়-তুনা তৌবা মাল্লি। ঐ মুঙাইতে। গুল্লা নেক্তুনা ফুহল্লসিবা হায়কাও খল্লুরবনি।

সহানিঃ মান্নবিরুদ্দ।

নরেনঃ অতু বমাই তৌসি হায়রিবনো।

সহানি (হৈহাক তুমিন লৈবগা)

ঐবু অশেংনা হুংশিবীবা মত্রা?

নরেনঃ কৈনোনে অতু অমুক হুজিক হঙৎলক্লিবসিবু?

সহানিঃ ঐগীদমক্তা চপ চানা লেপ্পিবা উবীদ্রা?

নরেনঃ করি হানেনে হায়রিবসিবো? পুন্সি চুপ্পা লেপচগে। শক চু মাংহনমা থম্মজগে? তীপ কারবা পুজগে। মতমগী চপ্প চাবী-মুপী ওইহনগে। শিরবন্নু শিমিন্নসি।

সহানিঃ অতু ডাক্তর বাবু হুজিকমক চৎলসি।

নরেনঃ হা— কৈনোনে অওইরবনে?

সহানিঃ ভুরীরোইব্রা?

নরেনঃ এ। করি রানোনে, ঐদি পাওখুম পিজখিদ্রি।

সহানিঃ হায়বিয়ু।

নরেনঃ (ঐভন্নক খল্লগা) - ফরে চৎসি।

সহানিঃ থোঙাম্ধা মিনিট ১০মুক্ত ভাইবীরম্মু। ঐ করি করিনো খর 'মুক্ত পুজবকনিগে।

নরেনঃ ফরে, ভাইরম্নগে। অদুগা ঐবু চোপ্পি চোপহনগম্মুকো।
(খোকখিবা)

সহানিঃ ইমুং, চংখি, বেগ অমা পুথুনা থোরকই।

একেনঃ (চংলকই) সহানি।

সহানিঃ (ইখং খংবা) তা একেন কদাইদগীনো?

একেনঃ নঙ উয়গে লাকপনি, আদ থোঙাম্ধ লৈহৌরিবসি কনানো?

সহানিঃ কনানোনে কনা লেপহৌরগে?

একেনঃ কান্নদে, ঐ নঙগা মরি লৈনরক্লিবসি চঙী য়াম্নকলে। ঐবু য়াম্না কুইনা ভাইহনগম্নু। অদুনা ঙসিদি অশেংবা বা অমা খঙবা পাম্মী।

সহানিঃ কৈনো হায়রিবসিবু।

একেনঃ হৌজ হৌজ কয়া কুইরক্লবনো, নঙনা ঐগোন্দা নমথাক তৌরক্লিবা, ইভোরোক লাই থুকন্না কুমথুদগী. পরিক্ষাস্থ ফেল ওইরে।

সহানিঃ পরিক্ষাদুদা পাস তৌখো, অদুগা য়ারে কৈদৌরগে।

একেন: পরিক্ষা কৈল ওইহুনিতা লৈবা তারবদি কমদোবা তাববা? ঐনা মাংজবা তারবা। অমুক কুইবা নঙ ঐ মরি লৈ-নরকপদগী ঐগী মাংখ্রিবা ইশাগী শরীক কয়াসি ঐগী ইরম্বাই ওইজরে হায়রবা? ওহ, নো, নো; অতুগা ঐ মাংবা য়াদে, অতুগা অসিমন্থু হায়বিগে। নঙগী ডাক্তর লমশি মানবতুগা, ইঞ্জিনিয়ার পাঞ্রা অতুগা লৈবতুগ নহাক য়াম্না মথোই কারেনে। ঐ মী হাৎপা ওইনীনি হায়রবসে নহাক খঙঙু। লম হেন্দ হেঞ্জিল্লকবদি মখোয় লোয়নমক কক্তুনা হাৎকদবনি।

সহানি: হায় কিজরেদা।

একেন: উমঃ কিগদবনি। নঙ ঐবু, বিয়ু। কারদে সহানি নঙনা যাম্না পামজবা মুপাত্নদ লৈরমু। ঐখোয়গুম্বা নঙবু য়াম্না পামজবা মুপাত্নদ লৈযুনে। নঙগী ডাক্তর লাইরবতুদগী ঐনা করিদা নোক্লগে। হায়যুবা ঐনা করিদা নোক্লগে?

সহানি: নোপতেযে।

একেন: লো লৈ, ইবল লৈ, ইশক্তন্থু মখোয়না হেন্দে। অসিন মক্তদা নঙনা মখোয় অমুক কোৎশিল্লুবিবা করিগীনো? নঙসে ঐগী ওইগদবনি কনামগী ওইবা য়াবোই। মরক অসিদা মরিল লৈবা অমত্তা চোংথোরকসমু লোয়না কক্তুনা হাৎকদবনি।

মরেন: ও ৷ অত্ তোক্লসি হায়রিব্রা ?

লহানি: খাল্লইবনি (P) করে চিংলসি। (হুং মিখ্বি)

একেন: কুমথরকই।

অহনবী: (খোয়কপা) লহানি, ইবুংঙো একেন অঙদি কৈদৌরম্বিবা ?

একেন: য়ো ইমাইয়েম্মা সহানিদা লাউ অমত্তা ফজ্জনে হায়তুনা। নাকচংবনি, মোহেন্দ্র সুপী চেংলে হায়রা করিনো তোঙ্খ-খোয়দা য়েহোই।

অহনবী: সুপী চেংলে হায়বা। করামো, করম অম্রদগী নো ? নত্ত খঙব্রা ?

একেন: চান্দনী ওইবমাল্লে।

অহনবী: চান্দনী হায়বা।

একেন: ঐ চংচরগে। (খোকখিবা)

অহনবী: করিনো, মসিগী অত্তাংসিনা তৌরিসিবো, চাম্ব লামম্থু ত্তাংদে। মানা খোকপা পংভোদ চোই। মমাইম্ব ইকাইবা নাইদে। মখোয় পাবুংসু লাক্তে করিনো ঐনা তৌগদৌরিবা ? (ইমুং চংখিবা)

মদন: (ভুমিম্না চংলক্লগা সৌফাদা গ্রান মাংতনা পোম্বারি)

অহনবী: (খোয়কপা) মখোয় পাবুং লেংলকপা কয়াম কুইরবগে ?

য়েংজ, মোহেন্দ্র সুপী চেংলে হায়। করম হায়না তৌ-গদৌরিবনো তৌরিদিবু, কৈদৌরগে, তুমিন লৈরিসিবু ?

মদন: অহনবী মখোয়সু মখোবনা খোকপা তৌরম্ছু। নত্ত কম্মু বা ত্তাংনসি, কম্মুনে।

অহনবী: ভূমিন্না কন্সী।

মদন: রাজের মুম অসিদা লৈরিব্রা?

অহনবী: চংগ্রে, কদাইদনো থগদে।

মদন: কৈ, মা চংখিবা কৈ। ভসিদি চষ্টী কয়াগী মমাংগী হৌব্রবা মারী কয়া অমুক নৌহৌমনা নিংশিংলক্লে। মতম অ১দা........। নোংমা নঙনা ঐঙোন্দা হায়খি, নঙদি নিংবা কায়রবীনি হায়দুনা মতম অদুদা ঐনা মথা ভানা নঙোন্দ অমুক হংখিব্রে।

অহনবী: কৈদৌরগে মথোয় পাবুংবা ভসি তৌরক্লিবসে ভাওবিব হায়বদুরা?

মদন: ঐ ভাওদে, ঐ কবিস্থ তৌদে। ঐ জ্ঞান তাদে। ঐ জ্ঞান ভারক্লে। নোংম নোংমগী ময়েক লাথোরকলে। হৌব্রবা ঐনা লাহৌবা, পংহৌবা, শোয়হৌবা কয়া অদুনা থিন্দুনা ঐঙোন্দা ময়েক শেংনা তাক্লে। ৬। ঐসে কয়াদ চয়া পুন্সি লেমবব্রবা। মীশিংসে তমখি, মুশিহৈন্তে, লৌনমই. মীরমই, মথোয় অসি তোব্রবা জীবনি হায়বসে খল্লখী। ঐহাকী থাজবদুনা ঐবু মম-থাক তৌরম্লে। ঐ ছবিক য়ায়া নিঙশ্মক্তে।

অহনবী: করিনো তৌরিবসিবু? কনানা করি হায়রক্লবগে? অদুগা চোয়রোন্দ ভাংদুনা লৈরিবসিবু. কনানা করি তৌরক্লবগে?

মদন: কনাগ করিস্থ তৌরক্লে অহনবী। ঐ চোয়রোল লোনবা

নত্তে। হায়য়ু মতম অমদা নুহাক্না কনাঙুশা অমগা মরি লৈনরম্মী।

অহনবীঃ লৈশারিবৈগী বাতুবু কনানা নিংশিংবা ওমগদগে, ঐ খঙদে।

মদনঃ অহনবী নহাক নিংশিংলি। পুম্নমক অতু তরাইনা কাওব্া ওম্লাই। নঙ মুপা অমগা মরি লৈনরম্মী। নঙনা খল্লি মতম অতুদ খোকখিবা খোঁদোক কয়া অতুদি হোৌগ্রে, লোইগ্রে। মতুগী মমিকাওবা লৈহৌদ্রে হায়না নঙনা খাজৈ, নোংম নোংমগী হৌখিবা পুন্সিনা হৌখিবতু কাওহনগনি হায়তুনা। ঐ নঙোন্দা অম্মুল্লা খক হংঙিদবনি। অতুবু ঙসিদি হায়যু। নঙনা নিংবা কায়না লৈহৌরিবা নঙোন্দা অবা-পোংলুম খোঙংলক্লিবা, কায়না মৈশা হাপ্পম্মীবা মুপাতু কনানো?

অহনবীঃ লৈশারিবৈগী বাবু ঐ কয়ম নিংশিংগদৌরিবনো? পুম্নমক কাওগ্রে। অতুগা পুম্নমক্ক নিংশিংবস্তু ঐ পামদে। কবিনো ঙসি মখোয় পাবুংনা তৌরিবা অসিবু।

মদনঃ অহনবী, নহাক নিংশিংগদবনি। ঐসে নঙগী নিপানি। ঐনা হংবা বাহং অসিগী পাওখুম নহাক পিনবা হোৎনগদবুনি।

অহনবীঃ হোৌগ্রবা বাত্রনা করি কাঙগদৌরিবনো? লোইগ্রবা বাতু 'মুক নিংশুংতুনা পামবা ঐ পামদে।

অহনবী: লোংবুমসু য়াই। ঐ মতু থম্বিগনি, থম্বগীদি কান্নবা লৈতে।

মদন: হোয়, মহাক্না থম্বগী কান্নবা লৈতে! অদুবু মতম কুম্‌দা নহাক্না থাজখিবা, অমানবা পুন্সি কয়া অদুদা শেমখিবা বাখলগী ইফুং কয়া মদুনা ডকিলি অশেংবা শকুম ওইনা মাংদা লেপ্লরে।

অহনবী: করিনো হায়রীরিবদুবো?

মদন: অচুম্বনি, ঐনা হায়রিবসি অচুম্বনি হায়রসে মহাক্না ঐবু থাজহনখদবনি। ঐসু মীনি, ঐগী ইরাল কয়া লৈরক্না য়াই। অদুনা ঐসু মীশিংগী মরাল অদু ডাকপিবা পাম্মী। ডাকপিবসু ডমগনি। অদুবু নমথাক লোতুনা মীওইবগী থম্মোইদা লোতুনা লৈজবা, শাহিং-ডাহিং চাবা জীবশিংগী লমচংকুম্বা তমখিবরা অশাওবগী শকুম অদু পুখোরকবা হেৎনবদি য়াত্তে।

অহনবী: হুজিকসু ঐহাক নহাক্না পান্নিবদু করিনো হায়বা থুডদে।

মদন: (নোকপা) নোংমা ঐনা উথলদগী হাওফি অমা পুবকখি। মদু হুজিক কাওবা লৈরিব্রা?

অহনবী: করম্বা হাওফি?

মদন: ঐনা নওগীদমক্তু পুরকখিবা হাওফি অদু কাওরবা থুমদে মতুগী হাওফিদু হুজিক কাওবা লৈরিব্রা?

অহনবী: মাংখ্রে।

মদনঃ অতুক মমল য়ামগ্রবা ঐগী থুদোলপোত্তবু নঙনা থওই-দতুনা মাংহনগ্রবা? হায়য়ু কৈদৌউে হাওফিত্থু মাংথি? করম্না মাংথি, কদাইদগী মাংথি?

অহনবীঃ ঐ থঙদে।

মদনঃ নঙ থঙলোই। মহু নহাক থঙনিংলোই খংবন্থু পাম্লোই। মহু থঙলুববদি নহাক নরাল লৈরগনি। মহাক নরাল লৈবা পামদে, নবাল লৈনিংদে।

অহনবীঃ করিগী ইরাল? ঐগী করি ইরাল? ঐ ইরাল লৈতে।

মদনঃ (বেগ হাংদোক্লগা হাওফি লৌথোক্লগা)
য়েংউ, হাওফি অসি কনাগীনো? হাওফি অসি কনাগীনো? (হাওফি লংশিল্লি)

অহনবীঃ (হাওফি য়েংলগা) কনাগী হাওফিনো মসিবু। ঐ মসি মশক থঙদে।

মদনঃ নঙ মহু ফাওবা মশক থঙজদ্রে। নঙগী হাওফি অহু ফাওবা নহাক থঙজদ্রে। (নোকপা)

অহনবীঃ মসি ঐগী হাওফিহু নত্তে।

মদনঃ করম্না, মসি করম্না নঙগী নাদ্রবা?

অহনবীঃ কৈথেলদা য়োনবা হাওফি থুদিংমক ঐগীনি হায়বা ঙম্লোই, চৌংমীশিংনা শাবা হাওফি থুদিংমক ঐগী নত্তে। অতুনা মসি ঐগী নত্তে।

মদনঃ অহনবী, চুম্মী চৌংমীশিংসিনা শাবা হাওফি থুদিংমক

ঙগী ওইরক্ন য়াই। অহুবু ঐনা পিখবা হাওফ অত্থাদ
ঙগী ওইরম্মীদনা। অদুগা নহাক্না ঐগী হাওফি অহু
মশক খঙজবা ঙমত্রবস্থ ঐদি ঐগী হাওফি অহু মশক
মুন্না খঙই। য়াম্না মুন্না খঙই, হাওফি অসি মসিনি।

অহনবী: হাওফি অসি ঐগী নত্তে! মখোয় পাবুংনা ঐবু ইবাল
শিননবা শেমজিনবা ঙাক্তনি।

মদন: নঙবু মরাল শিননবা। (নোকই) হা-হা-হা অহনবী
ফোটো অসি কনাগীনো? (ফোটো পীবা)

অহনবী: ঐগী ফোটোনি, ঐনা লৈশাবিঙৈগী ফোটোনি। মখোয়
পাবুংনা কদাইদগী পুখোরক্লিবনো?

মদন: ঐনা পুখোরকপা নত্তে। ঐনা মুন্নকপনি। ঐনাশ্মুন্নকপা
অত্তোপ্পা নিপা অমনা নঙগী নপোৎ ময়াম অসে পায়-
রম্বদগী ঐনা মুন্নকপনি। হুরানবা অত্থাদ ফাহৌত্রে।
অহনবী! ঐ হুরানবা অহুমদি ফাহৌত্রে।

অহনবী: কনানা পাইরাম্লবা?

মদন: সোমী। বিপ্লবী সোমী! নঙগী হুংশিজবা, চারজবা,
পায়জবা সুপা সোমী।

অহনবী: শানবান, মখোয় পাবুংনা শাজিন্নবনি।

মদন: তুমিন লৈয়ু। নহাক্নী হৌখিবা নরাল পুন্নমক ঙাকপিবা
ওমী। অদুগা নহাক লোমন্নীনি, চিম্মীবীনি, ওক্তবীনি।
হজিক কাওবদা নহাক্না ঐবু মীনল্লি। হজিক কাওবদা

নহাক্না ঐবু ঙম্নখ্যক ভৌরম্নি। ঐনা নঙবু কয়াদা লুনা চাম্না থমগ্রবা অতুগা নহাক্না ঐগী ইথক্ত মীনমতুনা বিপ্লবী অতুদা অরোনবা পাউ পুম্নমক তমথোক্তনা ঐহাক্কী মা য়োক্লা সরকারগী মায়োক্লা পাউ পুম্নমক তুম্নবা নত্রা? নহাক ওক্কবীনি, সরকারগী য়েক্নবনি, ঐগীসু য়েক্নবনি। নচানুপানা বিপ্লবী য়াঁওবদা নহাক্না থিংগেদি হায়ত্রগা অহোম্নবতুম ঐগী ইথক্ত লালহৌবা ইনশিল্লিবা নত্রা? নহাক তুমথিগ্রবা শাদগী হেম্না তমথি। হুই অমোমদগীসু হেম্না লাল্লি। নহাক মীহাৎপিনি, ওক্কবীনি।

অহনবী: (মশিংথা ফুদোক্তনা) তাজনিংত্রে। (কম্না লাওবা)

রাজেন: (চংলকপা) কৈদৌরে, কৈদৌনরগে ইমা?

অহনবী: রাজেন। (কপ্পী)

মদন: নহাক কমদৌনা য়ুমশিদা হল্লিল্লক্লিবনো?

রাজেন: করিনো হায়রিবসিবু?

মদন: নহাক য়ুমসিদগী থোকখিবনা হেম্না লেমগনি।

রাজেন: করিনো হায়বীরিবসিবো? কৈদৌনরবগে, অহল মশেল কোয়রাও লাওনরিবসিবু লৈকাই মমাংসিদা।

মদন: মফম 'সিদা ওক্কবা ওক্কবীশিংগী পুনফম নত্রে।

রাজেন: পাবুং!

মদন: কোরকম্নু তানিংদে, ঐডোম্না পাবুং হায়না কোরকম্নু।

রাজেন: চুরগী মপা অমনা মচা অমদা বারকপগী মা নত্তনা ঐবু

রাজেন: ইমা।

মদন: অহনবা। (Pouse)

অহনবী: ঐবু ভাকপিয়ু!• ঐবু ভাকপিয়ু। মতম অস্তক কুইবসে ঐহাক ...... ইরাল লংজখ্রে। ভসিফাওবদা বনাদস্থ হায়দোকচখিদবনি। ভসিদি রাই শংনা ঐ.... ...। রাসি হায়দোঞ্জগা— রাই শঙনা রাজেন। রাজেন .... ... নহাক ইমাবু শাওগল্লবো। নহাক... ন-হা-ক্ষী পা-বুং-দি .. বি-প্ল-বী .. সো-মী-নি।

—THE END.—